# কচ্চবা

ইপা ইবুংঙো (কাহ্নাই সিংহ) গী খুত্তা
"অহিং" কৌবা লাইরিক অসি
ওসি হাপচরে।

নচা
নিমাইচান্দ সিংহ।

( ১ )

চেহ্নরিবা ঐগী হি.

অকনবা নোংদৌ-থুংশিংপু থাগ্নোক্করিবা

ঈপাক'সিগী ঈথক'সিবু করিনি খনলিবগেনে ।

হুমিদাং ওইশিনলকদৌরমাদে,

পোথাবশিংবরা ?—মকমসিদা, অনৌবা য়ুম্মি খন্দুনা ।

নত্তে ন 'সিনা পনথুংবম ওইদৌরিব্রা ?

ঈচেন·নাইবা ভুরেন কয়াদা নংনা হোম্থিবদাই
তপ্প হুম্বা মাকং ঈপোমদা হয়াও ঈছৈ শকখিবদাই ॥

অহুবু কদাই ওসিগী ঈপাক'সিদা
খল্লব্রনে পনথুংকম্নি মকম'সিবুদি
নত্রগা কনাবু ঙাইগে রাখমো ?

মমশিনলক্লিব'সিবু উজ্রবরনে ?
শকলমখিশিরনে মিকুপ'সিদা অমুক্তংদগা খম্মোই'সি পেরবা—
নিংখিরবা পাখং ওইবগী মুংশি-মুংঙোলগী ঈছৈ'গ্রবু ॥

# ( ৩ )

কপকনু ঐগী খোংলোই কপ্পনু
মাংদা উরে,—নিংখিরবা শহর
থম্মোইনা পামজবা, লৈজগে খনখিবা মফমদো ॥

শহর কয়াদগী হেল্লি,—মফম'সিনা ফজবা
নিংখিরবা লৈরাং কয়াস্তু শাৎলিনে
লম্বী অসিগী নাকন অনি'সিদা ॥

ঐগী মল্লবা য়ুম'সে,—ঙসিদি পাম্নক্তে,
নিংঙমদবগী মিৎকী পি শিন্থখিবনি ॥

চৎলগে,—মাংগী শহর'সিদা,
মুমিৎকী মঙানস্তু ঈংনা লুপা মচু মাল্লবা মফম'সিদা ॥

চৎলগে,—লৈচিন্তনা ইকোক শোক্ল লৈরবা মফম'সিদা,
তাওনে,—মুংশিরবা ঈছৈগী খোঞ্জেন'সে
মুরস্তু পূক্লিং'সিবু মথুম-মরাং হৌহনলি
য়েঙোই,—করম্বা তান খুৎনোনে 'সিবু;
ঐদি নাম্থোকপা ঙম্লোইদোরে খোঞ্জেন'সিদগী,
মাংগী শহর অসিদনিনে,—তৌরি'সে ॥

—অহিং—

নুংঙাইবা মতম করাদা নংনা নোকখিবদাইনে,
নুংশিবা কয়াগী চিম্বানদসু চুপখিবদো
ওসিদি লৈরেনে,—নংগী নুংশিজরবা হকচাং'সে
কোন্দুনঃ অমুক্তা চুপলমখোনে,
অরোইবা বাঁদায় পিরমখোনে।

হে খম্বোই,—কদোমদনো নংনা য়েংলি'জুবু—
নংগা কাইনরগদ্রা রাখন্দ অরা মৈশা লাংলি'সে,
নহাকি নুংশিজরবা পেদংনয়বা হকচাংনিনে॥

খিরুরি,—করিগী নংনা অচুক রানা—
অচুম্বা হায়বজুবু পামজনা।

অয়াংবা চৌংদোন কারুম্বু,
নুরবা লাইজ'নুংদা কুম্রু—
রাঙ্গনত মতোকনি,—মতমদা মহৌখিনি,
য়েঙোই 'সিদা লৈরেনে—উত্তরা নহাকপু,
পুন্সি হায়ব'সিগী মরুমদা,—থুদ্দুনা মকম'সিদা ॥

শক্তুনা লৈজগে,—পামজবা ঈছৈ,
তাৱগা পেঙ্গুগে,—অৱা-মুংহাই ৱাৱি,
থম্মোইতনা পেমবা,—থম্মোইতগীনি।
অগৎ'সি ঐগীনি কৱম্নবু হায়দসিগে,
ঐবু নমথাক তৌরিবা,—খোংলোই নখোইদা॥
অম্বু 'সিমতদি নিজগে, 'সিমতনিকো,—
হে শাৱবা কালেনগী মুংশা
অকনবা মতমগী মুংশিৎপু তম্বনা হুম্নিবা
অহিংগী অকিবা কংলবা অমমূবা
লৱুবিৱম্ ঐবু অমুক,—লৱুবিৱম্॥
পুন্সিগী লম্বীনি,—ঐগীদি ইথৌনি,
মমলবা অহিংদস্ু চৎকনি,—শাৱবস্ু কোইগনি,
অম্বগনে,—ঐগী থম্মোই অসিবুতদি খৌজানবিয়ু—
চংজকম পিবিয়ুনে,—খোংলোই নখোইস্ু
ৱাৱবা পুন্সি মতেক্তুদা,—ঐহাকী॥

( ৬ )

খোংথাংগী খোংকম মুথৎনবা চংলক্লে মমলবা অহিংসে
ঐবু থম্মোই অসি ঈংথখিসিন্না
নত্ত্তে,—পুন্সি'সিবু লৌনম তৌরগে থন্নুনা চংলক্লব্রনে,
ঐগী মুংশিবগী ন্নাহং'সিবু মাংথ্রগক্ত্রনে ॥
হে ঐগী তেল্লবা পুন্সি,—ম্নৌরক্লব্রনে চহি মতাং অহুবু
পুরক্লব্রনে,—নহাক্না ঐগী মোংকমবু মিকুপ অসিদা
মুংশি ঈছে'সি শকলমখিগে ঙাইখোবা
নত্ত্তে,—নহাকপু মীমুংশি থংজব্রনে ?

( ৭ )

ঐনা শেমজবা, ঐনা শাজবা,—পূম্নমক'সিবু কাইহনলগক্ত্রনে নংনা
ন্নানা শেমজ-শাজবনিদকো,—ঐদি পুকচেন শেংনা
ও! মমলবা অহিংগী মালংবা,—কন্না হুন্মল্লিদা নহাকপু
অহিং অসিগুম থম্মোইসে মমলমগনি থল্লব্রনে ?
ঙাইখো, তপথখো,—হৌখিবা মতমগী ন্নাথন অমুক্তা থনখিগে,
কন্না লাওরক্কে,—ইপাওবু পুথনা তাইবং শিন'থুংনা হুন্মুচো,
নত্ত্তে! ঐপী শেংলবা ন্নাথন'সিদদি, মালংবা
মাংগ-তুংগ মান্নয়ে, হৌজিক্না তুং ইল্লিনে ॥

( ৮ )

হৌখিবা পুন্সিগী মুংঙাইবা রাখন ঈপোমদা তাওথ'সির৷
অরাবা রাখন্না মুংনাংখিসির৷ ? ঐ খংল্রে,
সমুদ্রগী ঈথক্কা শেমলকপা কোঙ্গোনছুনি খল্লসিরনে, পুন্সি'সে
থংনবা মিকুপ্তা কায়ছনা মাংখিগদবা
নত্তে। হুমলকউ মালংবা, মাংখিদেনে কাইথ্রবা কোঙ্গোনদো
নংগী চৈথেং ফংবদা লাঈজ'রক্কা তিনখিবনি খরনা
ঐদি পোকক্ষমস্থ ব্রাংলোই, সংসারসিদা
শিবনা পোইলোস্থ ওইরোই তাইবংসিদা ॥

( ৯ )

নোংমদি ঐবু পুবিয়ুকো শারবা লৈকংলা কয়াদা
অমুকস্থ পুবিয়ু,—ঈংলবা উনগী লৈবাক কয়াহুদা,
করিগুম্বা মফমছুদা অশিবনা ঐবু কৌরকপা থোব্রবদি—
খুল্লমগে চায়বী কয়ানা কৌরকপগুম ॥
মালেম মোংকম'সিদা মংলৈবাক্কী দৃশ্য য়েংলুগে
ভুমহ্রনা লৈরম্বী কয়াবু হৌদোক্লমগে, মফমছুদা
অছুগনে ঈশ্বরগী ঈছৈ অমতদি শকচখিগে,
অরাবগী পি-মরিক্তি মিং'সিদগী ভাহনলোই ॥

# ( ১০ )

ঈছৈগী খোঙ্খাং অহুমতদি পুহনবিখো মালং'দা—
মকম থুদিংদা হুমলুসনু মহাক্না
শোংলবা,—শুরু মমলবা লোক্‌তাই কয়াদনা খোঞ্জেন্দো—
খোংস্থাং ওইনা হন্নকহল্লু নহাক্না।
তান্না চেন্থরিবা, ঈরাওখোস্তনা নিন্নবা, ঈশিংনা তাঞ্রবদি ঈছৈদো
হকলমগনি মহাক্না,—তোর্ব্বানগী মুংপাকশিংহুদা
তাইবংপান'সে মোংকম্নি,—শিব ওাইনবা পানবনি,
মুংওাইরবা ঈছৈদা তান থাহুনা লৈখোক্নি ॥

# ( ১১ )

ইতোমতা হুন্দোকপিরম্মো,—চিক্লবা অহিং'সিদা চান্নবী,
মুংশি বীদাইগী মতম য়োম্রিবনে হোজকপু—
মমা কয়ানা,—পিক্লবা মচাশিংবু চুপ্লিব'সে মুংশিনা, উত্রবা ?
নস্তেনে,—মুংশিবগী পেঞ্জরবা থুংচুপরনে তৌরিসিবো ॥
রাখন'সে অমুক্তা খন্থখিগে,—খংনবা মিকুপকি, চিক্লবা মকম'সিদা
নস্তে ! হয়েংগীনা করি ?—রাখন চাম খোকলকপ্রা, অমুক্তা য়েংখিগে,
চৎলো, চান্নবী ঐদি পুংওাইরবা মং মংহৌখিগে
হয়েং হায়বহু খম্মোই শোক্না ওাইহৌখিগে ॥



—অহিং—

(১২)

মমলবা অহিং'সে তনিক্লবা খম্মোই'সিনা,—নাম্থোক্লবা লাক্লসিরা ?
হংলুরগে অচিকপদা অরোনবা হায়বত্থু কদাইদনো ?
ঐনা পামজ্জে,—তাইবংপানগী অমমবা লম্বীবু লাম্থোকপা হায়বদো
অত্থবু কনাগী মতুং ইল্লসিগেনে ? ঐবু পুংকম'সিদা
মুনি-ঋষি কয়াগী মপাও লৌদ্রনা, লেংদবা উপালগুম লৈরসিরা
মাংগী খোংলোইশিং'সিগী তুংইল্লগা লম্বী'সিদা চৎলসিরা
খনকম খংজ্রে, পীক্লবা ঐগী রাখন'সিনা
চৎনিংবা লম্বী'সে পামজরবা ঐগী পুক্লিংনা ॥

(১৩)

ইতোমতনি, ইতোমতা ! লম্বী ঙাওরবা খোংমীনি, লম্ফুক্লরবা—
কনানো ? ঐগী লম্বী তাকপিগদবা অত্থবু
ঐগী মুংশিবা ! ঐগী পামজবী ! কদাইনো মকম'সিদদি—
অমতা উজ্রে. ঙান্না মমলবা পুংকম'সিদদি
হে অহিংদা থোকপা খাজও, নঙান চাওরবা,—লমজিংবীযুবা ঐবু
তগুপ-তরেংনা ঙাম্লিবা থরানমিচাকশা, লক্লরক্লবা ঐঙোন্দা
শে,—তাকপিরো লম্বীত্থ অশেংবা
ঙমশিনলক্নে খাংবা মকম'সিদা শাংথনা ॥

ইতোমতা খাদোকপিয়ু,—ইতোমতা
ঐগীদমক্তা খনবীনু ।

অপাম্বদা খেইরাংজবা ঐহাক্কি,
ফজবদা মীহোৌবস্তু ঐনি ।
মিৎ'সি অমুক্তা উইশিনখিগে,
পিগী মরিক অমতা তাওনলকখিগে,
কোৌরকখিনু অচ্রফাওবা ঐবু
ঐগী আশা থুগাইবিনু ।

ইতোমতা খঙ্গুগে,—অচুম অরান হায়বদো
ঐঙেন্দা অরানবা শিবীনু,
ইথোৌনিনে,—তোৌরম্লিবসে ঐহাক্তা
নত্তে ! ঐনা ইনিং তৌনা তৌবস্তু
য়েংঙোই মানা ইনশিনলিবনি,—ঐঙোন্দা
মানস্তু ঙাক-শেমবীগনি হায়খিনে
নহাক অচ্রবু কনানো ?
তাইবং মপুনিস্তু হায়রম্মী ।

চান্নবী নংবু কদাইদনো ?
ঙসিগী অহিং'সিবু তুজুংগ্রা
মরক হাংদনা অখাক অরাও তৌরি'সে
গুংঙাইরবা অয়ুক্কুবু লাক্লোইদ্রা ॥
নিংখিরবা অয়ুক্কী নুংঙাইরবা পুন্সি'গুম,
অমুক্তদি মোমোন নোক্লিংঙিদা—
কদাইদনোনে চান্নবী কদোমদনো
অমুক্তদি খুম্নকখোবা নংবু
ঐগী তনিক্লবা খোঙ্জেনগী খোম্থোক'সিদা ॥
ও ! নং'সি তমখিদকো ওন্থোক্ল:
নুংশিবা মশকস্থ খংমন্দ্রেদা
খুম্নমদনা চৎলগেরনে,—নহাকপু
নত্তে, খোঙ্জেন'সিবু তাদ্রবরনে নংবু
খংঙমদ্রেনে ঐনা,—রাখন চাম খনবদস্থ
করম্না নংনা থাদোকপা
রাম্নবা মিকুপ'সিদা,—পুন্সিগী ॥

খোঙ্জেন অমদি তাখি ঐনা—
কয়াদা নিংথিরবা পুন্সিনো,
মমলম্বদগী অমুক ঙানলকপা
সুংঙাইরবা খম্মোইগী লমদি
মাং তারক্লোইদবা সংসার'সিনা মুত্রিক্লাও ॥

অকি-অখং, অরা-সুংঙাই,
য়েংঙোই, পুম্নমক ঈপাক'সিদা লৈরিবে
পুন্সি ঈপাকনিনে তৌরি'সে—
খরনা নংগী, খরনা ঐগী—
অমুকসু বসন্ত, মথংদা করি,—নিংশি'লক্রা ॥

নিংশিংত্র',—পুন্সিগী সুংঙাইবা মতেক্কো,
ঙাইহাক্কংগী নিনে ঙাহাক্কগী মিকুপকি ওইবা
লৈনিংত্রা মতমহুদা তাওহুনা
সুংঙাইবা পাম্বা তাইবং মপোক্কা পোকপা নখোইবো,
অহবু য়াত্রনে খরদংতগা লৈখো হায়রবু
নশানা পামজবা পুন্সি মতেক্কুবু ॥

( ১৭ )

পাংলিবা মিৎ'সি শোন্থয়ক্লে,—লৈক্রে উনবগী উপাই অমা
ঐবু নিংখিরবশিং অসিবু য়েংলগুমসিরা ?
খোঞ্জেল'সিংহ তাশিনলক্লে,—নখোইনা হায়রকপশিংহু ঐঙোন্দা
ঐগী না'সিবু পংশিনলক্লব্রা—ঐ খংদরে ॥
খম্মোয়'সে হায়গুম ঈংক্রে, অরাবগী তান্থাতা মঙাইরক্লে।
হকচাং'সে ঈংশিলরক্লে পুংকম অহু য়েৌরক্লমাল্লে,—
ঐবু তুমথরশিরা,—রারবা মিকুপ অসিদা
ঐগী থরাই'সি নুংশি সংসার'সিদগী পাইগ্রশিরা ॥

( ১৮ )

ইনাক্তা ঐবু শংলিবা,—হে, ঐগী চান্নবা মরুপশা—
মিৎকি পি'সি অমুক্তা তৈথোকপিয়ুবা
ঐবু কদাইদনো ?—ইমাংদা লেপ্লিবা নংবু কনানো হায়রকউবা
হিপ্লিব'সিবু ঐগী নুংঙাইরবা ফম্মুংহুরনে ? ঐ খংদ্রে ॥
ইমিৎ'সিনা উদ্রে রাখন্তনা খংঙি,—নখোইবু ঐগীনি,
ইনাশিনা তাদ্রে, শহুমতদা শক্তমন্থবু লাকশিনলি
কোনশিনবিয়ুনে ঐবু চেৎনা অমুক্তা,—নুংশিনা
চুপ্লিয়ুবা ঐবু মোনোন-নোকপা চিম্বান্দুনা ॥

( ১৯ )

কারক্লবনি ঐসে অরাংবা চিংদোন'সিদা, মীনা ম্নৌনত্রবা, ।
অচিকপগা রারি শাগে রাখম্নিনে,
নিংতম্বা পামজবা খম্মোইনা থিরিবনি, মকম'সে ঙসিদি
খম্মোইগী রাখন তোল্লরোইনে,—শিংদোক্লগে ॥
চিক্লবা মকম'সিদা তারি'সে চেস্থরিবা ঈশিংগী খোঞ্জেলনিনে

ম্নেংখিবদদি উবা কংব্রেনে, মিৎ'সিনা থেক্লা-খোইবা খোংমুং'সিদা
চিংমাই অসিবু উদ্রনে,—মমশিনরক্লিবসে,
অমস্থ লোৎখ্রেনে অহিং'সিগী মরুমাসিদা ॥

( ২০ )

ইকোক-শোক্ল পাইরম্বা লৈচিন মপৈ অঙোবত্বু কদাইদনো ?
অহিং'সিগী অচিকপদা নংস্থ অত্থম লোৎলব্রনে
খম্মোই পেম্না নিংথিবা, তারমদাই 'মুমিৎকী মঙাম্দো কদাইদনো
অহিং'সিগী অমমবদা নংস্থ অত্থম তিনলব্রনে ।।
চেক্লাশিংগী খোঞ্জেনত্বু অমা কাওবা তাখিব্রিব'সিবু কারিগীনোনে ?
পামজনা থিরকপা অচিকপ'সিদা ঐদি মুংশিরবা ঈছেত্থ তানিংঙনে
তাইবংসে ঙসিদি অপাম পামদা খংখিব্রে,
রাখনস্থ ঙম-তৈন মকম খংখিব্রে ।।

( ২১ )

চিংগী লৈরাং নখোইবু উজানিংভিদা শোম্বরবা ঐগী মিৎ'সিনা
নোংমা শাৎহৌবদু নিংশিংলকইদা মিকুপ অসিদা
য়েংঙোই রাখল'সিনা রাহৌদোক ঙই,— নিংশিংলক্লেনে মখং-মখং
ঐগী থুংঙাইরবা পুন্সিগী রারি কয়াস্মু ॥
ঐনা অঙাং ঙইরিভে,—হয়াও ঈছৈ শকাখবা মিকুপ্তো—
অমুকস্মু ইমানা কপখিবা,— পুন্সিগী কাইনা মৈশা মৈরক্কা
ঐদি খংখিদে,—ইমাগী অরাবা মৈচাক্কো
অশাবা পিরাংস্মু মরিক অমতা তাখিদে ॥

( ২২ )

নোংমা তাখি ঐনা থুংশিরবা ঈছৈ অমা লবুক্তা
নিংখিরবি মথোক কারকপি থুজা অমনা শকখিবনিনে—
ঐদি কপ্লুই মাগী রারবা শক্তমদগী খোকলকপা খোঞ্জেল্দুদা
মাদি পিগী মরিক অমকাওবা তাখিদে ॥
থম্মোই শোকপা ঈছৈদো,—ঐগী রাখনবু চোইহনবা ছৈশক্কি
মাদি শক্ল-শক্ল থুংঙাইরবা অগোই খুৎথেক থেকলমই
মতমগী অচিকপবু থুগাইখিনে মাতনা মকমক্তুদা
খোঞ্জেলগী খোম্থাংনা পুমনিল-নিলখিনে লোকচপতুদা ॥

## ( ২৩ )

কপ্প, চিন্থা তৌত্নবা কম্লি নিংখিবি মাবু য়েংলগা ফুংঙ্খাইনা
উখিদেনে,—লৈ-লৈত্নবা অমুক য়েংখিবা ঐগী মিৎয়েংত্নদা
উইশিল্লবা মিৎ অনি'সিনা শাংনা লাপ্পা য়েংঙুবদদি মহাকপু
শংবাম্নবা অতিয়াদা মখুৎ খন্তুনা ঐবু কৌরকইনে ॥
ঐনা চেনশিনলুই মফম খংদনা, ঐবু ঙাইবিখে। মিকুপ অমত্তং
খোঞ্জেন রাংনা কৌরুই শুংশা মপি হোন্দুনা,—মহাকপু
খংহৌদনা লৈচিনলক্তা লোৎখিবগুম তৌই ;
নশেন - মরাং শোংলবা জঙ্গলদা ঙাইরি হায়নস্থ তৌই ॥

## ( ২৪ )

মিৎ'সিনা অমুক্তং কুপ্পদা অনৌবা ফিজোল অমা হোংখিগুম তৌই
অত্তগা কুন্দো পরেংদো শেগাইত্নবা শাম্নরি ;
ঐনা চেনশিল্লুই,—লৈরাং পরেংত্নবু লোখোকে রাখম্না—
মানা তপ্প হায়রকই, —ঙাইখো চেনশিনলকন্থ ॥
লৈরাং'সে য়েংঙোই নংনা পামজবা নশাবি মানা হুকখিবহনি,
ঙসিনা শেগাইরি, ঐনা নমাংসিদা পামজবা নংগী মাঙা পরেং'সে
মফম'সিনিনে অরোনবা নহাক্কী পোত্থাফম হায়বদো
মতম'সিনিনে,— নহাক্কী পুন্সিগী মংলৈবাক হায়বদো ॥

ঈপাক্তা কমচুনা রারি রিরিবা—
অরা-মুংঙাই কয়াগী পাও-পুরিবা
ঐবু নখোইগী রারিশিংচুদগী থাদোকপিরোবা—
ঐগীসু ঈখৌ,— অসিতনি মতিক চাবা ॥

ঈখৌ-মতেক অসিনা,— খোল্লগনা চোকথবা,
ঈশ্বরগী মমিংদো অমুক্তদি পঞ্জখিগেবা ॥

খংভি ঐনা,—সংসারসে ঐগীনি—
ঈখৌ রাংপনা ইশাগী সংসারবু খংজদেনে,
ঐতবু নত্তেনে,— তাইবং 'পুম্বনিনে ॥

য়েংঙোই পুম্নমক্লিনে পুম্নমক—
মীওইপোক্কি হৌনশানিনে তৌরি'সে ॥

রাখন'সে ঈংথনা লৈবা ঙমশিনলক্রে,
মুংঙাইরবা ঐগী য়ুমত্থু য়ৌবা ঙমখিগত্রনে—
মীনদি হায়নৈ,— য়ুম্না খ্বাইদগী মুংঙাই
ঐনস্থু খল্লুই,— অচুম্বনি হায়না ॥

অত্থু কদাই মুংঙাইরবা য়ুমত্থু
পুংকম অসিদদি,— ঐদি লমকোইবনি ;
লম্বী চৎপনা ইথৌনি ॥

নত্রে, ঐবু হাংলবা লম্পাক'সিদা পোত্থাখিসিন্না ?
আঃ চাওরবা ঈপাক নহাকপু করিনো
অমুক্তদি ঈংথহনখোবা,—নংগী প্রলয় শক্তমদো
লম্বী'সি ঙাওশিনলক্রে, চৎকম খংজিনলক্রে ॥

খোঞ্জেন রাংনা অমুক্ত দদি কৌখিগে
চান্নবা লমকোইবা ইমান্নরুশিং'ত্থু ॥

পাক্কল ঈপাক'সিদা উনা য়েংনা
    লম্বী মাংশিনখ্রিব'সিনা করিগীনো ?
নত্তেনে ঈপাক'সে অহাংবা অতিয়াগা
    শম্নখিদোরব্রা খংত্ত্রে,—মিকুপ'সিদা ॥

দোংখক্কেস্ম চেক্লা অমতা য়ৌনা
    পাইখিত্রেনে,—ওসিগী পুংকম'সিদা ॥
থরানমিচাক, লৈরাংশিংদা মঙাইরে য়েংঙুবদা
    পুন্সিগী হাংলবা অতিয়া'সিদা ॥

নত্তে ! পুরক্কদোরিত্রনে অনৌবা নিংখিরবা অমা—
    চৎলুদ্রিবা,— পুন্সি'সিগী মক্কমহুদা ॥
ঐগী থম্মোইনা পামজবা, চিক্লবা মক্কমদো—
    য়ৌক্লরগজ্রনে, মিকুপ'সিদা খোংলোই নখোইগা ?

ও! ঐগী চান্নরবী॥

চান্নরবী, নংবু উজ্রব্রনে মমশিনলক্লি'সে
য়েংঙোই, কদোমদনো ঐবু
থোং অহুবু কদাইদনো—
মফম'সিবু অহাংবা লম্পাক্লনে?

খন্নানমিচাকশিংনা ঙাইরিবদো অহিংবু পামজনা—
অহুগনে মিকুপ, পুংজা কয়ানা পুন্সিবু শংলিবা—
ঙসিগী অহিং'সিদদি মুংশিৎ'সে চপ লেপ্লমালেনে॥
হৌগৎলো,—খেঙ্ক্লেন য়াংনা অমুক্তা ছৈশকখো
তপ্ন-হুম্না মালং ঈপোম'সে অমুক্তা থুগাইরো—
অতাবা কয়াবু পুন্সি'সে 'সিনি খংহনলো॥

শোম্ছাংনররবা খোঞ্জেন্না তপ্পা অমুক কৌরকখি,— ঐবু,
করিনো ঐবু মফম খংজ্রে ঙ'সগী অহিং'সিদা
পাওমেনবগী মঙ'নি,—মিকুপ'সিনা ঐবু অমুক রাখন'সিদা
লমক্ষাংলবা রাখন ঈপোম'সিদা অহিং'সিগী ॥

পামজরকই অমুকস্ত অচিকপা হায়রবতুবু মতম অসিমক্কদা
তুং ইল্লগে খল্লুইনে,— ইতোমতা মক্ষমজুদা '।

খংহৌদনা ঐগী খোঞ্জেন্না হোনা কন্না লাওখোক্রুই
খাদোক্রো ঐবু ইনিং-তম্না লৈজররগে মক্ষম'সিদা
অচিকপ'সিদা চংগ্রগে,— খাদোকপিরো মিকুপ'সিদা ঐবু
খোঞ্জেন'সিগী তুং ইনগ্রগে, পামজবা রাখন'সে ঐগী
নিন-খোংলম্বা পুন্নমক পুমচিক-চিকগ্রেনে মক্ষমসে ॥

## (৩০)

কয়াবু কুইনা তেংথাখিসিগেনে,— ঐগী থরাই অসিনা
সৌভমদ্রবা মফম কয়াগীদমক্তা নিংগুমদনা
নখোইনা লাঙ-খোংবা তাদ্রবা চিক্রবা মফম অসিদা
কনাদবু শাখিশিগেনে,—নিংথিরবা রারি'সে মফম'সিগী ॥
নিং-তম্ম শান্নজরম্বা,—মুংঙাইরবা মংলৈপাক কয়াদা ঐনা
নংনা হৌদোক্লকপা.—মিৎ'সে পাংথোক্কুনা নংবু য়েংখিবা—
মতমন্থদি হৌখ্রমালে—ঐ'সে
ভসিদি য়োৎহিংনা পুল্লবা বন্দিগুম্নেনে ॥

## (৩১)

করম্নবু খাংখিসিগেনে,—খাংঙমদ্রবা অরাব'সি পুদুনা মফম'সিদা—
কৌরক্লগনু খোংলোইশা ঐবু অমুক তম্না
তারগা খোইরাংভি.—নখোয়গী চান্নবা মীকোদো ঐহাক্তি—
য়েংজোই ঐদি,—ইনিং-ইখা তম্বা ভমদ্রেনে ॥
মুংঙাইরবা ঐগী পুন্সি অয়ুক্তো নিংশিংলবদি অমুকম্মু
পাখং ওইরিবৈগী, মুংশি-মুংঙোলগী মুংঙাইরবা মতমম্মু খল্লকই—
অদুবু ঐঙোন্দা,—ওইররে ভসিদি য়েকবা
অমুক্কুংদদি খনবিয়ুবা নখোইবু,— ঐগীদমক্তা ॥



—অহিং—

## ( ৩২ )

অপাম্বা, নুংশিবা, কল্লকপা হায়বদো চৎখ্রে মতম'সিদা—
ঈশ্বরগী নুংঙাইরবা রারিদা লুপ্লে, ঐদি
ঐনা তানিংদহুনা মাই'সি লৈথোক লৈথোক্কুনা খাংঙম্মী রারিহুদা—
নখোইগী খোঞ্জেন্দো তাগদবগী ঙাইরম্মী—খোরাংনা ॥
চৎপসু ঙমদে, চৎকেসু য়াদে,— মকম'সিদগী মখোইনা
অহুগা অমুকসু থেম্নকই,—নুংঙাইরবা অচুম্বতনা থল্লবা মফম্দি.
নংনা ফংঅরবনি ঙসিদগী মফম'সে,
য়েংঙোই অচুম্ব হায়ব'সিবু থিরসিনে ॥

## (৩৩)

থম্বা নস্তে নংবু অফা-অপুন্নবা মওংদা মফম'সিদা—
নংগী থরাইবু ঈংথহন্নবা তৌবনি—
অরাবা রাখন চাম চামহু থাদোক্লোনে মিকুপ থরদ'সিদা—
নংনা পুঙমগ্রবা মৈচাক্তো কোক্লবা ॥
মফম-মতমগী রাখন খন্থবা হোরোনে নহাকপু
অরা-অনাগী রাখন থাদোক্লোনে,—থম্মোইগী লমন শিংনবা
ঐবু নুংশিবা মিৎয়েংদা য়েংলহুনা মহাক্না
পাওদমলকই অমুকসু ঐবু নাম্ল নাল্লহুনা ॥

## ( ৩৪ )

অমম্বা হান্নবদো ওসিদগী থেংনররোইনে নহাকপু,
নিংথিরবা মঙাস্তনা থল্লবা মকম্নিনে লৈজরি'সে—
ফজবগী হৌরককম, মুংঙ ইবগী তুংনকম নংনা পামজবা থম্মোই শোক্লা
বসন্ত ঋতুগী নিংথিরবা মকম্নিনে ॥
খোংথাং শোইনা থাংখিনি চেকশিল্লু নহাকপু লমুক্নরিবা
ঙম্লবা চিং-চেপ'সিবু কিজ্রা নহাকপু শুরা মম্লবা
তাখিনি চেকশিল্লু খোংফম শোইখিদুনা
পাওদম্লকই অমুকস্নু,—ঐবু চান্নবা মিৎয়েংনা য়েংলদুনা ॥

## ( ৩৫ )

পাওদম'সিং 'সিদা ঐদি ঙাওরুরে,—রাখন চমম্নরুরে,
অদুবু খোংথাংফমদি চেকশিন্না য়েংলুই—
ইতোমতা লৈহৌবস্নু কিজ্জে,—মফম থংদ্রে, অকিবগী শক্তম্ম,
মিৎয়েং অমতং শোইনা য়েংথোক্লুবদা ।
অস্নুম মতুং ইন কাখংলি ঙম্লবা চিংলম্বীহুদা
খোংফম চেৎনা, খুজিন্না শিক্ল-শিক্লহুনা মফমত্তুদা
খংহৌদনা য়োক্লরে,—নিংথিরবা থেল অমদা
মখোইনা হায়রৈ,—পুশিল্লশিরনে মফম'সিদা ॥

( ৩৬ )

ঙাইহাক্তং অমুক পোথাই, লম্বীগী অরাবা কোরুবা
কিরুপ-কিরুপ য়েংলুই অমুকস্থ ঐনা,
মখোইদি মথং-মথং চৎনখ্রে, নিংখিরবা লম্বী অমদা
ঐনা কোইনা য়েংলুবদনা উরুই নিংখিরবা দৃশ্য কয়া ॥
মক্‌ম'সিদগী পংলাপ লাপ্তুনা অমুকস্থ উরকই মিৎকুপ্পদা,
সুংঙাইরবা ঐগী কুশৈ শারুকম, হরাঙনা মোমোন নোকখিবদো
ঙহাক অমুক য়েংলুই মিৎকী পিগা লোইননা—
হন্না অমুকস্থ য়েংথোকপদদি লোইনবা কয়াহু লৈরমদে ॥

( ৩৭ )

অহিংগী মতম অমুক ওইরক্কদোরে, কুমিৎ লৈথরক্রে—
অতুবু মখোইনা চৎখিবা মাইকৈদুদি ঙান্না উরি
চংশিনবস্থ ঙমদা, হন্দোকক্‌মস্থ খংদা অতুম লেপ্পস্মী
য়াখল্লনা চমমনরুই,— ও ! মতুং-ইল্লম্নবদি ॥
অতুবু খল্লুই ঐনা নিংঙাইদনা অমুকস্থ 'সিনি পুন্সি'সে,
পুন্সিগী লিলা কম্পাকসিদা ঐগী শক্তম'সি করিনো ?
রাখল্লনা সুংনাংখি,— ইতোমতমক কমত্তনা মক্‌মতুদা
হংক্‌মস্থ খংখিদে,— চিক্লবা খেল মচাত্তুদা ॥

( ৩৮ )

মুংশিবা, ঐগী মুংশিঙ্গরবা নখোইবু কদাইদা চংলগেনে—
নংবু পিক্লিবা পাম্বী'শিংদুদা ঈশিং চাইরিব্রা,
নস্তে! ঐ উন্নরোই রাখল্লা চিক্লবা কা-মচা অমদা লোৎলিব্রা
নত্তগা মমানা মচাবু খোম্লাং ইল্লিবত্থ য়েংলিব্রনে ॥
চৎলব্রা নংবু ঐগী চান্নবা,—মহৌশানা কৌরক্লব্রানে নহাকপু
মংলৈবাক্লুম,—মংলিতৈং'সিদা ঐহাক্তী তাইবংগী অঙকপা মংশিংবু
নস্তে! ঐবু থাদোক্লমলগেরনে,—চান্নবা নখোইনা
রাখনশিনা লমক্যাংনরিতৈং তাল্লক'সিদা ঐনা ॥

( ৩৯ )

হাইরম্বদাই নহাক্তি মকম খুদিংমক্তা লৈ, অচৌ-অপিক থাইদে,
নংদি ঈশ্বরগী শক্তম পুবনি হায়খিবদাইনে,
মতম মাগী খোালৈদা নংস্থ অত্থম ইল্লি হায়বদাই—
হায়রম্বদাইনে নহাক্লা ইবাম্নি থাদোরগুম'সি হায়না ॥
নিংশিংলুবদা খোইরাংলকই,—নুংশি কয়াগী ছৈশক্তো
থম্মোই-থম্মোই শিন্নখিবা,—তাইবং নুংশি ইপাক্তো
অকি-অখং য়াওদনা,—মুংঙাই ঈপাক্তা তাওখিবা
থম্মোইগী অরোনবা চিরোন কয়াগা লোইননা ॥



—অহিং—

( ৪০ )

চান্নবীনা কৌন্নকপা, মুংশিন্নবা খোঞ্জেনদো তাখিদ্রেনে ঐহাক্তি
ইশা নোম-নোমন্থনা মুংশিনা হাই-হুমন্থনা—
থুম্মুরমালে পাক্লবা সমুদ্রগী ঈন্নাওখোন্না কৌন্নকপা খোঞ্জেন্দুদা
মুংঙাইরবা ঈখক্তুদা শান্নরুরমালে,—খংহৌদনা ॥
ইনাক্তা চৎপা, ঐবু মুংশিবা কন্নানা মুংশিনা চান্না কৌবদো
মালংব'সনা হুমজিনবিরক্তমালে, ইনাকোং'সিদা খোঞ্জেন্দো।
লমজেন তান্নন্থনা শান্নরুরমালে,—ইতোমতা
চান্নবা মালংবগা লোইননা অহাংবা অতিয়াদা ॥

( ৪১ )

নখোইগী অয়োইবা খুৎকৌদো তাদবা নত্তেনে মুংশিরবা খোংলোইশা
তাইনে ঐনা থাপ্লবা সমুদ্র রাংমসিদা,
খুমগেস্থ হোৎনরুই থংনবা মিকুপ্তা, নখোইনা কৌরকপন্থদা
অন্থবু খামখিনে মকম'সিগী শকখংদবা মখোইনা ॥
শাওরবা ঐগী থম্মোইনা নাম্থোক্লবা হোৎনরুই মকম'সিদগী
ইশা পানলম্লবদি খন্নুই, ননাক্তা পাইরক্লবা মকম'সিদগী
খনকাপ্তি ভৈমক্তদা রাংলবা চিংদোন অমনা থৎজিনে
য়েংঙোই পাইখৎপা ভন্নোইদবা রাংলবা চিংদোননিনে ॥

( ৪২ )

অমুকস্ন নিংশিংলকপদতা, নখোইনা শেবা তৌখিবা ঐগী য়াহিপফম,
পিরকইনে লৈতগী নিংখিরবা পোৎথাকম অমুক খংহৌদনা
রাখস্তনা খোৎনংলবা ঐনা ঈশিং থকে নিংলুবতদা অমুকস্ন
পিরকইনে মখোইনা অমৃত চফুনি হায়রতুনা ॥
ঐনা শেমখিবা পামজরবা লৈকোনথুবু নিংশিংলুবতদা
লৈরাংশিংবু ঈশিং চাইগে হায়না থম্মোই'সিনা খল্লুবতদা
স্বর্গগী নন্দন কানন'সি নংগীনি,— মহায়রকই
মণ্ডাকিনি গঙ্গাস্ন নংগীনি মতৌরকই ॥

(৪৩)

লোয়, লুমলগা মকমতুদগী নাস্থোক্লবা চেনলগে হোৎনরুবতদা
লম্বী পুন্নমক শুরু-মমলম্মী,—চেনকম খংলমদে,
অমুকস্ন-পোৎথাই রাখন চাম-চাম মথং-মথং খস্তরুই ঐনা
ওহাক-লৈরগস্ন তাইকেৎ তাইনা উরবা থাগী মঙান উরকই ॥
চাম্লবী নখোইবু থম্মোই চেৎনা কোন্দুনা রারি'সে লিগে খল্লুই,
অমুকস্ন অরোইবা খুৎচুপ্পা থম্মোই পেন্না চুপকে নিংলুই
অতুবু ঐগী লম্বীতুদা শকখংদবা কয়ানা থৎখি—
য়েংখি-য়েংখিবা মাইকৈদা প্রলয়গী মৈচাক্তা মথেংনখি ॥

( ৪৪ )

অমুকস্তু উরুই, ঐনা য়েংথোকখিবদা,—লাইরবা কয়াগী খাংপোকশং
উনাতনা কুপ্লবা,—উজাওশিংগী মরুমদা,
খোঙ্জেন অমদি তাখি, শেংকাওনা থমোইবু ইরাং হৌহনলি
ঈশ্বরগী মিংবু পন্দুনা সুংঙাইরবা ঈছৈ শকলকখি ॥
থল্লুই ঐনা মংলৈবাকি দৃশ্যচুনি, পামজরবা ঐগী মরুম'সে
উনা য়েংনা অচুমক য়েংনিংখি,—পোথাজ্রবা মিৎয়েং'সিনা
মংকাওনরগজ্রা অমুকস্তু মথনলুই থংনবা মিকুপ্তুদা
অচুবু সুংশিবগী সুংঙাইরবা মং'সে মাংথ্রগজ্রা অমুকস্তু চিংনরুই ॥

(৪৫)

খাংপোকশংগী ছৈশকপা কয়ানা ইকোই কোইশিন্দুনা ঐবু হৌদোকখি
ঐনা অমুকস্তু থল্লুই,—তুম্লিবা হায়বচুরনে ঐহাকপো
লুপা মচুগী শেংনা ঙোরবা ফিজোম্না লৈতেংজিনে মখোই'সে
নোম্ল-নোম্লহুনা ঐবু হৌদোকপগুমস্তু তৌই মতমচুদা ॥
অমুকস্তু য়েংলকই মখোইগী শংদোক্লবা মিৎয়েংনা চাথোকদবগুম—
থরনা সুংশিনা নাল্লকই ঐবু নিংথিরবা দৃশ্যশিং'সি য়েংঙুসি হায়না
ঐদি পুমঙক-ঙকখি মখোইগী মতৌগ্রদা
অমুকস্থ কিরুই,—মথংদা চিংনরুই, থুৎশন্নীয়ুস্তু হায়জরুই ॥

খল্লকই ঐনা পুন্সিগী ইথৌশিংহু চিৎথদনা
তৌরম্লবদিকো অপাম্বশিং'হুত মতমহুদা
থম্মোয়'সি ইংখরমগদবনিকো ঙসিগী অহিং'সিদা ৷৷

ও! লৈথোকলুরে, ঐদি রাথন মাগী মপান-তাং
অরা-মুংঙাই মায়োক্তা নোক্লা ইশরুক লৌক্করে,
মতৌ-তম্বনা ইথৌ ওই, তাইবং খোথাং থাঙুরে,
ঙসিতা খংলকই,—মম্লবা অহিং'সিদতা ঐহাক্কি ৷৷
কনাগী-মতৌ তমসিগনে হৌজিকপু—
রাথন'সি খনক্ষম খংজিনলক্তে লমকাংলবা ঈপাক'সিদা ৷৷

কনানো ?— মাংদা পুন্সি লানলোং শিনলিবা নহাকপু—
তাইবং'সে শান্নবুংনি খল্লব্রনে—
হংলক্কন্নকো ঐঙোন্দা শোম্থাংনরবা খোঞ্জেল্লা—
পুন্সি'সে অরেম্বনি, হিংনবতা খনবনি—
রাথন মানা লোইথ্রগা তাইবং-পুন্সি লোম্বনি ৷৷

পম্বুংকম য়ৌরোই রাক্নবা
ঐগী পুন্সি হিদোম'সে
খুৎখৎ তোইনা খৎলুবা—
ঙসি পম্বুং য়ৌদৌরে ॥

ঈচেন কনবা ঈরেননি
তোর্ব্বানস্থ মশক উপরি
কিনা-রানা হোল্লুবা
ঙসি তোর্ব্বান উরক্লে ॥

ঐদি হৈতে রাখন্না
হিরোট অতৈ মতৌতম
হৈত-হৈত হোল্লুবা—
রাখন পম্বুং য়ৌদৌরে ॥

ঈপাক য়ৌনবা হোনখিবা
পুক্লিং-তুজুং হরাওবা
অরা ঈছৈ শকখিবা—
ঙসি পম্বুং য়ৌদৌ রে ;
গুরু মন্নবা অহিং'সিদা ॥

য়েংখোক্লু্বদদি ঐনা উই—
অঙকপা, নিংখিরবা ফুরা-দলান কয়াবু॥
শেংফাত্তবা লৈচিন্না, মচু মশিং শুনা পাইরি
খোইমুশিংনা ভংবগী খোঞ্জেনস্থু তারি।
মিৎ'সে চোইথোক্তনা,—
হন্ন য়েংলুই মকমত্তুদা
নিংবা কাইবগী শক্তমদা॥
মাংলোমদনা,—অমুক য়েংখোক্লু্বা মিৎয়েংদা
উই নিংখিরবা লাইশং কয়া
রাখল্তনা শাগৎপা,—
মশেন-মরাং নিংখিবা॥
অমুকস্থু কাইখি,— চিংনবা রাখল পরেংদা
চেস্থরিবা তুরেনগী মখোনস্থু তাই
কংঙমত্রবা মহৈগী তক্ষম্নি হায়নস্থু তৌই,
মুংশিনবা কয়াগী উন্নকম্নিস্থু হায় ;
অত্তবু খংহৌদে,—মাংহনখি
পুক্লিংদা পোক্লকপা অকিবা অমনা
লোইনা,—মং-লৈবাক্তী খুৎশেম গুম,
থংনবা তেল্লবা মিকুপ অমদা॥

মমলবা লম্বী'সিবু কদাই য়োদৌরিবনো,—
চৎকম'সিবু মাংখিরোইজনে ?
চৎশিন-চৎশিম্নগা উরকজ! খনববু—
লৈত্রে ঙসিদি অমম্বতনা কুপথ্রমালে ।
ইক্রোক 'খজা ম্নেংবস্থ চিংননা—
অমুবা লৈচিনতা মথেংনরে ॥
কনাগী তুংনো ইন্দোরিবা,— ঐনা,
কনানো ?— ঐবু— ঙাইরিবা
চৎলিব'সিনা কদাইনো ?— পুন্সি খোংচৎ হাম্নবজুরনে
ঐবু মুংশিবিবা কনা ম্নাওজব্রনে,
ঐদি রারেদা,—
চোকথরে ঙসিগী খোংচৎ'সিদা ॥
ইখোং'সে লেংঙমজে—
পাঙ্গলস্থ মাংশিনথ্রে
লম্বী'সিনা কয়া রাৎলিবা ॥
পম্ব্রকমহুতদি য়োনিংঙিদা
ঙম্নোইদৌরিব্রনে ?— মকমহুদা পোথাবা হাম্নবজুবু ॥

খোঙ্লেন অমা তাখি ঐনা—
চংশিল্লু ॥
ঐগী চান্নবা,—চংশিল্লু ॥
খিম্ন্থরম্নু, তঙক-তঙক লেপ্পম্নু
পোৎথাকম নত্তেনে
মনা পুংবা উজাওগী মরুমশু নত্তে,—মফম’সে ॥
নিংহন্নবগী মতৌ উৎকম্নু
অশোনবশিংগী খুদম্নি,
চংশিল্লু ॥
ঐগী চান্নবা,— চংশিল্লু ॥
হৌখিবা পুন্সি খোংচৎকী মং-মংলম্নু,
চৎখিবদি হৌত্রে.— মহুমগা কাওরম্নু
মসিমতগা খন্থখো—
’সনিনে লম্বী হয়েংগী
মিকুপ মশিং হৌগ্রগা
হয়েংগী পুন্সি লাকনি
তাম্নরকউ ঐবু
নমাংদা অহুম চেনবীগে—
উন উনা মফম’সিদা
চংশিল্লু ॥
ঐগী চান্নবা,—চংশিল্লু ॥



—অহিং—

খল্লুই ঐনা—

লেপ্পগে ঐহাক্কি খোংচৎ
খোংথাং অমকাওবা থাংজিনলয়োই,— মাংলোমদা
হিস্থ চিংখৎলগে,—পুনশিনলগে মকম'সিদা
নৌস্থ খায়গে, খুৎনা য়াংনা থাঙ্গৎকে
অহাংবা অতিয়া'সে করিনো খিরগে ;
পনখুংকম'সিদা পাক্লকপা মুংশি ঈছৈ তারগে ॥
হকচাংগী কিয়েপ'সে পৈরপ লৈরক্লে,
ভত্তনা কয়া হুয়কপা মালং ঈপোম'সিদা
লাও চংশিল্লকউ,—খোংলোঈ নখোইবু
ঈমাংদা অমুক্তা লেপ্পলাও,—
ঈছৈ অমতা তাখো,— লাও,
অহুগনে ঐওোন্দস্থ কংহন্নু—
মুংঙাইবা, অমুকস্থ হয়াওবা ॥
নখোইনা পেনখিবহুনা ঐগী ছৈহেক্তা
ঐস্থ থরাই য়াওনা ছৈশকে
অয়োইবা ছৈহেক্কি রাখন্দা ॥

মীওইপোক,—হে লোইনাইত্রবা
নখোই'সে লংলবা মৈত্তানগী পরেংনি
থরনা মুৎশি মুৎশিবা,
থর্‌না মিৎ-থক্ল লুংলবা ॥
অহুবু হংনিংঙি ঐনা
কনানা চুখৎপা মৈত্তায়ো,
তাইবং থুংনা ত্তান্নি'সিবু
অসিমতগম্ভ খংনিংঙি—
ত্তান্নিবনা করিগী,— মুৎপ্রগনা কদাইদা
কদাইদনো তিন্নুগদবা ॥
ঈপাক ভুয়া চেম্ব্রিবা ঈচেন কয়া উরপা
পুক্লিং ভুজুং হরাওজৈ
মখোইগুম ঈতিনকম খংনিংঙি।
পম্বুংকমবু কদাইদনো,—
খোংথাং মশিং কয়ানা
পুন্সি পম্বুং য়োৗরগা
ঐগী খোংচৎ লোইগনি ॥



— অহিং—

(৫৩)

চেস্থরক্লিবা শারবা পি,—চেস্থরকউ, মিৎকম'সে মম্নবা
অমুকস্ন চেস্থরকউ,—পিরাংতনা মশেন-মরাংহল্লু
তারকইবা ইরা'সে,—ওইরম্নবদিকো, পামজবা ঈছেগী ছুরদা
পেম্নরমগদবনিকো ছৈশকপা মখোইস্তুনা ॥
অমুকস্ন মঙান চাওরবা,—থোক্লিবা থাজদা য়েংলগা থোক্লবা
তগুপ-তরেং ঙাল্লিবা থরালমিচাকপু শকখংনবা থিরম্নবা
পিরাং নংগী লমগ শিংঙম্নোইদবনিকো মপোক'সিদা
অহুগনে মপোক'সিস্ন মশক খংলমগদবনিকো ॥

( ৫৪ )

ঐবু ভুমহুনা লৈখোক্লশিরনে ঙসিগী অহিং'সিদা—
নিংথিরবা মং-লৈবাক্কী দৃশ্যশিংহুবু য়েংঙুশিরনে
মরুপ-মপাং, ইমা-ইপা, ইচিন-ইনাও পুম্নমক্কী রাখন থাদোক্লবা—
থরাইনা পামজবা মরুপ কয়াগা কোইস্তুনা শাম্নবা ॥
অহুবু ঙাইখোনে, হে রাখন নহাকপু,—পলেপকম খংদ্রিবা
ভুমহুনা লৈরিবী মহাকপুস্ন থাদোক্লম্নগেংনে ঙসিগী অহিং'সিদা
চৎলগে হায়না বীদাই অমুক্তা লোখোবা
ঈংলবা পিগী মরিক অসিনা চেস্থরক্লিভৈ'সিদা ॥

( ৫৫ )

খিংলম্নু ঙসিদি হে খম্মোই ঐগী চান্নবা নহাকপু
রাখন'সিনা খল্লিব'সে,—পাংথোক্নবা মিকুপ'সিদা
পুক্লিংগী অনিংব'সি পাংথোক্নবা ঈছৈ অমতহুম শক্লকউ
তান থা-থাদ্রুনা অপাম্বদা চৎখিনবা ॥
অসিমতগদদি হায়রমগে পুক্লিংগী পাওজেল্লি পামজবা
খল্লুকো স্নুর কাইত্রবা থম্মোই লাইয়ুমদগীনি হায়না
য়েংঙোই অয়ুক্তা লৈরম্বা লিক্লাগী মরিক
কোরৌ মঙান্দা মুৎশ্রবম্নু মথংগী অয়ুক্তা লৈরমগনি ॥

( ৫৬ )

হে রাখন খল্লিব্রনে নংনা,— পুন্সি'সে অশিবগী বন্দিনি,
কাড়না থম্নবা, য়োক্লবা ঙায়োক চফুগী ঙানি ;
পুক্লিংদা তুজুংলবা, অক কণ্ড পুম্নমক্তা কোইশিনবা পুন্সিনি,
পুন্সিনা মম্নাইদা তু শোল্লবী শজী অমোমনি ॥
নত্তে ! পুন্সি অসিবু শারবা লৈকংলাগীতা ঙইহন্দোরিব্রা ?
রারবা রাখন্দু খনবদা,— পুন্সি পম্মুং য়োরগে খনলব্রা ?
তাইবং'সে মিনম্বনি,— উনা-খংনা নিংশিংহন্দনা
অমুকশু শিব'সে মম্নানি মাংগী মোংকম উনা-উনা ॥



—অহিং—

( ৫৭ )

লৈশাং তম্লিবী লৈরাংগা অমত্তনি মীওইপোক—
খরনা মরুমদা,—খরনা হায়না-হুম্না উনালক্তা
তপ্প হুম্বা মালংস্থ শিংলকই,—লৈরাংগী লৈনম হুমত্থনা
তাইবং পাওবু পুনবা মতমগী সুংশিংস্থ মরাকই॥
লৈরাং মানা কেমথ্রগা অনৌবা চারা হৌরকই,
মালং মানা শিন্দুনা হৌকম-শাংকম পিবিদো
মীওইপোকী মপোক্তি কদাই য়ৌনা হুমখিনি,
করি লমদা পোক্রুনি,— কদাইদা চাওকনি॥

( ৫৮ )

সুংঙাইরবা অয়ুক কয়াস্থ হৌথ্রবনি মিকুপকী পরেংদা
সুংখিল কয়াগী মথংদা ওসিগী অহিং'সে লাক্লিবনি
অহিং কয়া নিংঙাইদনা পোংথাখিবত্থবু,—অস্নম্না চিংনখিত্রনে,
করিগীনো ? সুংনাংবা রাখম্না পুন্সিবু লম্মুক্রহন্দোরিবা॥
পাক্লবা ঈপাক'সিদগী পাইখংপ্রিবা ওসিগী ঈশিং মনিল'সে,
কদাই য়ৌনা পাইখিনি,— কদাইদা অমুক হল্লকনি।
ঈশিং মরিক্লিদি হায়নবা,—মমিংশিবু হোংলরোইদ্রা—
খংলগনা মসিবু,— মীওইপোকীনা করিগীনো খংলোইদবা।

( ৫৯ )

চেকশিন্না থাংলিবা ঐগী খোংথাং অসিবু অশোইবা য়াওরব্রনে ?
ঐদি রানা খাংজৈদা,—মুংশাস্বর'সি শাংনা হোন্দুনা ॥
অমুকস্থ খাংজিল্লিবনি,—ঐগী খোংথাং'সে কনানো মাংদা পোত্থারিবা?
ঐবু য়ৌবা ভমদনা ভাসগী অহিং'সিদা তোক্লগজ্ঞা ॥
অচুম্বা লম্বীদু মাসনি হায়রম্মীনে মাংওইনখিবা খোংলোই অমনা
ভম্নব'সি কারগা নিংথিরবা খেল খেংনগনিস্থ হায়রম্মী ॥
অদুবু ঐদি মক্ম'সিদা পোত্থাদুনা লৈখোক্লশিন্না ?
নত্রগা ভম্ন হাইথজ্রিবা নিংথিরবা লম্বী'সিদা চৎপ্রশিন্না ॥

( ৬০ )

হে ঐবু লেম্বীবা তাইবং-মপু নহাকপু কদাইদনো ?
নমিংথু অমুক্তং পেন্ন শোঞ্জগে
কোংদোকপা ভমজ্রবা ঐগী খোঞ্জেম্না করম্না কৌশিগে—
পুন্সি পনথুংকমগী তেল্লবা লম্বী'সিদা ॥
ঐনা নিংশিংলি, অমুকস্থ খল্লি, হৌখিবা অরা-মুংভাইগী রারি
পুন্সিদা থোকখিবা তেল্লবা মিকুপকী পোত্থাকম'সিদা
হৌঞ্রবা নংগী শিস্থাগী থোরম পরেং,
অমনা পংভি হায়না তোরকপা খাংভমজ্রবা শাপ ॥

(৬১)

লংলবা মৈঙালগী শক্কম ওইরিবা
খরনা মুৎশি-মুৎশিবা
খরনা মিৎ’সে থক্না লংলবা
লোইনাইত্রবা,—মপোক নংগী মীওইপোক ॥

অঙ্গবু হংনিংঙি ঐনা নখোইদা
কনানা, করিগী চুখৎপা, মৈঙালগী পরেংনো
মুৎপা নাইদবা মৈরি’সিনা করিগী
তাইবং পুম্বা ঙাল্লি’সিনা কনাগী ॥

পম্বুংকমম্মু কদোমদনো ?—
খোংথাং মশিং কয়ানা
খোংকাপ তোইবা খোংচৎনা
পুন্সি পম্বুং য়োৌগনি ॥

মাংগী হিয়োই,—

ঐদি ননাক য়েৌনবা হোঞ্জিনলম্বনি,
ঈচেল কল্লবা, ঈথক হেৌরবা ঈপাক'সিদা ॥
নতুং ইনবদা চোকথরবনি—
অমুকস্থু নংগী ছৈশক্তা ভাওরবনি ॥
নংবু কদোমদনো ?
উশিনলক্ত্রবশিবু ঈপাক'সিদা ॥
ঈছৈস্থু—তাখিজ্রে, নশকস্থু উখিজ্রে—
নত্তেনে নংবু কাজিন্দুনা থমথ্রব্রনে ॥
পাইভমজ্রিবা চেক্লা মাগী মতৌ মত
মকোন্দা মপী ভাইবঙুম খোংল-খোংলহুনা—
ভাইরিব্রনে মতম মাগী খোংচৎপু, লোৎলহুনা,
উররোইদবা নংগী অয়োনবা মকমহুদা ॥



—অহিং—

খুমখিবদাই ঐনা,—নংগী ৱাহংদা
মাংওইনবা, অনকপদা হোনবা হিহোনবা—
খর থুরপ হোল্লকে হিদোম'সে
নৌগী তাম্বা তোইরকে
অরাবা কোক্নবা নহাকি,— নংগী হিমাই চুম্নগা ॥
চৎমিন্নসি হায়খিবন্থ তাক্রব্রা ?
খমব্রাংনবা ঈপাক'সিদা,—হয়াও ঈছৈ শক্কুনা ॥
ও। 'য়াম্বা নংবু হিহোনবা
তাশিন্নদ চৎপদি,—ঐগী ইয়াননি খনব্রা ?
নত্তে। ঈথক'সে,—ঐগী হিনাওগী ঈপোম'সিনা খোকহনবা
য়েংঙোই,—অকনবা মুংশিৎ শিৎলিবশি উজ্রা ?
শুরু মমবা ওসিগী অহিং'সিদা ॥

ইনাক্তা হোনবা হিহোনবা—
খম্ন্যাংননা হোল্লিবা,
ফাইনে নখোইনা হায়রকপা—
হি'সিদগী চোংথরগা,— ঈচেন'সিনা ঈরোইসি
চেল্লিবা ঈচেনগী মাইয়োক্তা ॥
অহবুনে,—তুংগী হিরোইশিংনা লাওরকইনে,
তাখিসিবা অমুক্তা ॥
ঈথক'সে লোইথ্রনি, মথংগী সুমিৎ থোকলক্লনি
সুমিৎ মঙান উরকপদা,—অয়ুকী নিংখিবা ফংলনি।
নত্তে! মরকসিদা করম্না হোনশিগে ঐবু—
ঈথক্লা চৈথেং পিরবা,—ঐগী হিদোম'সে,
অহিংগী মিকুপ খর'সিদা ॥



—অহিং—

মাংগী ছৈশকপা.—অমতগা শকলকখোবা—
কালেনগী ফুইনা ·হৌবা নোং মুংশিৎপু ঈংহমনবা ॥
শকলকউ,—মুংশি-মুংঙোনগী ঈছৈ অমম্ম—
তাৱগা ঐবু চেৎনা কোনশিনলক্লবা চাম্নবী মহাক্না ॥
অমুগনে,—ঐঙোন্দা ঈছৈ অমতদি তম্বিয়ুবা
খোম্থাং—খোংলৈ শুনা, নৈরিবা তাম্থা কাইদনা,
লোইবা নাইক্রবা মুংশিবগী ঈছৈ অমতা ॥
ঈছৈ অমুগী ছৈশক্তা,—নোংমনা তুম্নিবী কম্নাবু হৌদোকচগে,
মথংদা রাকচিংগী উনদগী অনৌবা পাম্বৗশিংবু কঞ্জগে,
অমুকম্ম,—লাইজ ঈপাক্কি ঈথকপু ঈংথজহনগে,
মথংদা,—চিংমাই কম্নাদা নৈক্রুবা খোঞ্জেনগী খোম্থাংনা
শেম্বীবা মপুগী নাপদা ম্নৌহনগে ॥
অমুগনে,— শক্ল-শক্লগা মাংগী লম্বী'সিদা চংশিল্লখিগে ॥

নুংশিবা কয়াগী মরমদা শকখিবা—
নুংশি-নুংঙোনগী হয়াও ঈছৈ
নিংদি নিংশিংলকই,— খয়তনি, খয়তা ॥
হৌজিক্তা খংলকই,— চাওরবা চিংশাংগী পরেংশিংবু
অমুকন্থু মৈ-হৌনা শারবা লৈকংলা—
মথংদ,— ঈংন তপ্পা— তুরেনশিংগী চেন্থকম
অমুকন্থু মালং ঈপোমদা,—ঈংনা লৈনম্মা থল্লবা লৈকোনশিং,
নিন্দা তৌরুদে ঙসিগী অহিং'সিদা—
ঙাইরুদে ঐনা নুংঙাইরবা অয়ুক্তুবু ॥
অহিং'সি হৌগ্রগা,—নিক্লিবা থরানমিচাকী মতৌদা—
হে থরানমিচাক,—করিগুম্বা নংনা নোক্লম্লবা
অহৃগা,— লাইজ'নুংদা তায়িবা নমিশিংনা পুক্লিংবু শুমহৎলমত্রবা
অরাম-খোয়াংবা কোক্লবা ঐনা নিন্দা তৌরমগনি ॥

(৬৭)

শাদানবা কয়াদস্থ নংনা পিখিবদাইনে,—নুংঙাইনবা মন্ত্র,
হাংলুবগী হনজকপমক্তদা নংনা শেমজবা জীববু ॥
লিহুনা খংহনখিবদাইনে নংনা পুন্সি কয়াগী অথুপ্পা য়ারি মঙোন্দা,
নিংশিংননবা,—পোকপা শিবগী অয়োনববু ॥
হায়খিবদাইনে নংনা,— পুন্সি'সে য়েক্সবতনা পাঙ্গন হাপ্পনি,
অমুকস্থ মরুপ-মপাং, চান্নবনা নংবু ঙাক শেল্লিবনি
অহুবু কদাই,—য়েক্সবস্থ অমতা য়েৌনা উত্রে,
চাগবা মখোইবু য়েংঙুবদস্থ ফংত্রে মিং'সিনা উবা ॥

( ৬৮ )

ঐগী পোত্থাকম অসি তান্না লাকনি হায়রম্বদাইনে নংনা
মখোইদস্থ নংনা শোনজবা জীব পুম্নমক্তস্থ
অহুবু কদাই,—অয়াম খোয়াংব'সি, কোক্সবা অমুক্তা য়েংজগে,
য়েৌকাস্ত্রি ঙৈগী পোত্থাকম থেল অসিদা ॥
মথংদদি চেম্ন-চেম্ন য়েৌনবা হোৎনরগে অনিংবা'পুম্বা থাদোক্লগা
নংনা শেম্বীবা ঐগী অয়োইবা পুন্সি পস্থুংকমদ্রদা
অয়াম-খোয়াংবনা থম্মোইদা য়াহনলবস্থ
ঐদি নমিংতা শোঙ্গরগা,— থনজয়গে ॥

( ৬৯ )

শাগৎলিবা,—ঐগী থম্মোইগী লাইশং'সে, শেংলবা-নিংথিরবা
ওইরম্লবদিকো পুন্সি অয়ুক্তা,—নিংথিজরমগদবনিকো
অদুগা অমুকম্ থল্লি,—নুংঙাইরবা রাখন ঈথকা লোইননা
রাংলমগদবনিকো,—অরাংবা কয়াবু লমজিংঙুনা ॥
উবা ফংনব্রবা রাংলবা চিংদোন কয়াদগী হেনগৎতুনা
থংদ-উদবা কয়াগী মিংয়েংদা নিতিগী উহল্লুনা।
নত্তে। অসিমস্ থল্লকই,—নংগী খোঙজান মিৎয়েংখাদা
ঐনা নংবু থংলুদে,—নংবু নশক থংদেম্ চিংনরুই ॥

( ৭০ )

ঙসিতগী পনথুংকম'সিদা থল্লকই: ঐনা,—থংদবদগী খোকখিবনি,
পনথুংকম থংদবা অঙাওবা লমকোইবনি,
খাংখিবা ঐগী অরাবা পুন্সি মিকুপ কয়াদা, নংবু খনখিবা
থল্লবদি অদুগুম অরা-নুংঙাই মিকুপ্তা,—পেল্লমগনিদা ॥
উবা ঙমব্রবা তুংগী অরা-নুংঙাইবু থংলম্বা খোক্লবা
অদুগা নংনা তাইবংপানগী নিংথোরেল্লি, থংলম্লবা
পুন্সিগী মিকুপ্তা,—নংঙোন্দা লোইপোৎ কারম্লবা
পনথুংকম'সিদা নংনা ঐবু তরাম-তরাম কোনখৎপিগদ্রা ?

( ৭১ )

ঐগী শারবা পিরাং অসিনা রাকচিংগী নোংলক্তা তিল্লম্লবদি
কংলবা ওসিগী থম্মোই'সে ঈংলমগদবনিদা ॥
নগুণবু থাদ্রনা শকখিবা ইপাওখোন্দুনা ঈপাকী ঈথক্তা তিল্লম্লবদি
ঈশিংগী জীবশিংস্থ মপি তাম্লরমগদবনি ॥
অদুবু কদাই,—নগুণদি থংগুদা, রারবা মিকুপ্তা কপখিবা
অমনা,—মুংঙাইবা মিকুপ্তা নোকলুবা খোম্থাংতনা
পুরকলে ওসিদি খাংগমদ্রবা চৈনাখোন—
রারদ্রনা পোখারিডৈ মিকুপ অসিমক্তদা ॥

( ৭২ )

রারবা মিৎ'সিনা,—য়েংঙমদনা অকোইবদা য়েংলুবদা
উরক্লে,—চারিবা কয়ানা ইমাংদা লেপখিবদো ॥
নিংশিংলকই, মখোয়না শোনখিবা,—নংগী নগুণগী ছৈশক্তো
অমুকস্থ ঐবু কৌর-কৌরদ্রনা,— শৈপা অমতা হাপ্লিয়ু, ॥
থংলম্লবদিকো, মতাং অদুদা ঐনা, মখোই'সে চাকনিবনি
ঈশ্বরগী মিংতবু য়ুমথোং খুদিংদা শোল্লরগা পেল্লবনি
থল্লম্লবদিকো,—ওসিগী পম্বুং যৌরমদাই'সিদা, মুংঙাইরমগনিদা
নত্রগা নংবু নিম্দা তৌদ্রনা থম্মোই'সি রারক্লমগদবনি ॥

( ৭৩ )

নিংখিরবা অয়ুক কয়া হৌগ্রবকাওবা মংকাওনরলোইদবা মংলনে—
ঙসিগী চংশিনলকইবা অহিং'সিদা তৌরি'সিবো ॥
মংঙিবা মংসে ঙসিগী মিকুপ'সিদা,—নিংথিজখ্রেদকো
মংলম্নবদি হৌখিবা পুন্সিগী অহিং কয়াদা,—মুংঙাইজরমগদবনি॥
মং-লৈবাক্কী দৃশ্য অত্ত থিজ্জনা পুন্সি মতেক্কো লেনলম্বা থোক্লবা
ঙসিগী রাখনগুম পুন্সি মিকুপ খুদিংগী খনলম্নবা
অশেংবা খোম্থাক্লা নংবু কৌজবা কংলমগদবনি
নংবু ঐনা খম্মোইগী পোন্দা কাহ্ননা থম্নমগদবনি ॥

(৭৪)

ঙাকপিরো ঐবু,— হে খৌজান হৈবা তাইবংগী মপু,
ঙসিতদা নংগী নতুং ইঞ্জনিংঙকপনি ঐদি ॥
নতুং ইনবা ঙমদ্রবস্থ নংগী খোংলোইগী'তুং ইল্লগে,
অসিমতদি নংনা চানবীয়ুকো,—লম্মুক্লরবা ঐঙোন্দা ॥
করিগুম্বা ঐনা পনথুংকমদা ঙসিমক খুংলুবা খোক্লবা
লাওরকে তক্তনা,—নঙুণগী ছৈশক্কা খোম্থাং শুনা
চিংমাই কয়াদা চেল্লিবা তুরেন্দা খোম্থাংতনা মৈনবা
অত্রগা লাইজ ঈপাক অচৌবদা তমম্লুনবা ॥



-অহিং—

শায়োন মানা ঈশ্বর ওই
লাংঙোন কবা অথোবা
চংখ্রিবসি উজ্বা ?
অচিকপা ঙোংঙাল্লমদাই য়ুথক্তা
খংহন্দনা তাখিবা লিক্লাগী মরিক—
উহৌবা কনানো ?
পোমত্থনা লৈজবী, পোমশাংনবী কয়াবু
লৈকা কয়া লৈশাং তমহনবা
উঙমজ্রবা কনাগী থৌশিল্লো ?
য়েংঙোই,—লিক্লাগী মরিক'সে
মকম খুদিং তাখিবা—
য়োঁঙম্বা মফমদা নত্র ?
'সিনা কংঙমজ্রবা রাখনগী নিতিনি,
তুংইমশি অহিং'সিদা শকখংদবা মাবু থিনবা
চংশিল্লিবা মাংগী লম্বী'সিদা ॥

ঙহাক্কংদং পোথারুই
রায়বা খোং'সি থাংবা ঙমশিনলক্কু বঙ্গদা ॥
ঙহাক্কংগীনি, মিকুপ খরতগী ।
মক্কমঙ্গদা হৌরম্মী, চাওরবা উপাল অমা,
লৈমাইস্থ অশংবা নাপীনা কুপ্পম্মী ।
ঐনা খল্লুই,—
অম্বুক নিংখিরবা মক্কম'সিবু,—মক্কম'সিমক্কদা
কনানা শেম্লিগবা—
থুৎশেমগী নিংখিবনা তমজনিংঙাই ঙইব'সিবু ॥
রাখন'সিনা লংজিন ওই,
রাখন মথং খল্লুবা—
খংহৌদবা মিকুপ্তা,—মালং ঈপোম কংজকই ॥
কদাইদগী হুম্লকপনো ?—
খুল্লুই, ঐনা মিকুপ্তুদা
মলয়া মুংশিং হায়বঙ্গবু অসিয়া ?
অমুকস্থ পাওজেনলুই,—ঐনা ॥
অঙ্গগনে, মালংবা হুমখিল্লুকো ঙসিদি
ইপাও'সে পূহনা, তাইব'দা শন্দোকলুম্থ
রাবা নত্তে, ঐ রাদে—
রাই হায়রগনা ইতেংবু পাংবিগক্রনে নহাক্সা ॥

তপ্পা অমুক মাংগী লম্বীদা চংশিনক্করে ॥
অমুকস্থ থেংনৈ,—পিরাংতনা চোৎলবা লৈরাংশিং
ঐনা হংলুই,—কপ্লিবহ্ন করিগীনো ?
পুন্সি'সে কপ্পগা মুংঙাইব্রা
অরা তেংখাখোম্না মুংশি ঈছৈরা ?
শোল্লম্না খোম্বাংনা পাওখুম্নকই—
য়েংঙোই ঐনা কপ্পদি—
ঐখোই'সে ককথৎপিরনি,
নখোই তাইবং পানবনা ॥
হুস্থিনবিরনি, ঐখোইবু মখোংহুদা
পামজদবা, নখোইগী গুহাক্কী ঈশ্বরহুদা,
অহুগনে,—মুংখিলগী কাংশি খোঙ্গেন্দা
খাংঙমন্ত্রবা ঐখোইনা পৎখরকপদনা
অমুকস্থ হুন্দোকপিনি লম্বীদা,
নেৎথৎতুনা মাংহনবীনি ॥
'সিনিদো লৈরাং ওইবী মপোক'সে !
অরাবতনা ইথৌনিদো ॥
চাম্নব লাক্লে,— তাম্থোকপি—
তমখিমমস্থ তমখিদা, তাইবংমপোক নখোই'বু ॥

ত্রোং-ত্রোং চেন্থরিবা ঈশিং ঈচেন অমম্থু কপ্পম্মী—
ঐনা হংঙুই মঙোন্দা,—মুংশি মিৎয়েংনা য়েংন্থনা
হে চেন্থরিবা লাইজও। অচৌবা ঈপাক তম্নীবা
করি-মুংগী অরা তেংথারি ?
শেংফাম্থনা খুম্নকই,—মুক্রম-মুক্রম শোম্নকই
হে তাইবং অপংবা,— পংনা পানবা মীওইপোক
করম্নবু তমশিগে, রারবা মৈচাক'সে ঐহাক্কি॥
য়েংঙোই,—ইশা-ইরেং ওইরম্বা খোংলম পুম্বা কংথ্রে,
মখোইগী রাখন খনবদা য়াঙ্গংলবী ঐহাক্কি॥
'সিমম্থু খংঙ্গনে, তাইবং নখোইবু—
ঐনা চেন্নি ঙসি, লাইজ ঐগী ঈখোংমুং,
নখোই তাইবংগী অরাবা কোক্লবা—
মানা শেম্বা জীববু করবা॥
হংলকম্নু অমুক্তা
ঐদি ইথোদা কপ্পনি
নখো মশক খংদবা
নখোই তাইবং পানবদা—
পাওখুম্নিংদে ঐহাক্না,— অরোনবা, ঐগী মপোক্কি॥
চৎজো,— নংম্থু হংওম্নু,
নিংথিরবা শহর কাওহনা,—ঐম্থু ঈপাক য়েৌশ্রগে॥

 —অহিং—

খংছোদনা য়েংঙুবা,—ঐগী মিৎয়েংনা চেক্লা কয়াবু উরুরে ;
কপ্প-কপ্প লৈরম্মী ॥
মুংশি চিন্নোক্লবস্থ য়াওরম্মী ।
কপ্পিবী চেক্ল'ম্বু য়েংলগা .পাওহংলুই—
করি মুংগী কয়নো ?
নিংথিরবী চেক্লা'চা— ।।
খোংনা-খোংনা খুম্নকই,— কিথিক-কিরুম মওংদা—
চেম্বোকখোনে তাইবং নংবু
নংদি পংই,— খংমন্দে,
য়েংঙোই,—প্রলয় হৌরক্লে,
উনা'শিংসি কেম্লনি,
উশা'শিংসি চাক্লনি—
মতমগী লম্মে অকনবা
নংনা করম খাংগনি ॥
চেম্বোকখো তাইবং নহাকপু ॥

(৮০)

তাখি ঐনা কল্লপ্পা খোঞ্জেনগী অকিবা কংলবা খোম্থাং অমস্থু
কিগল্লবা,—মাং'সিদা চৎলু ঐখোই তুংইনগে
য়েংঙোই,—ঙম্লবা চিং-চেপ'সে লানলগা লৈরমগনি নিংখিরবা থেল,
পোথাক্রশি মকমহুদা পুন্সি রারি লিনশি ॥
ঐখোইস্থু নংগুম লাকপনি মকম'সিদা,—থরাইনা পামজনা
অহুবু মকম খংলমদে নংগুম্না অহানবা খুন্দাবা মতমহুদদি—
তাব্রিব্রা ত্রোং-ত্রোং চেম্থরিবা তুরেনগী মখোন'সে
চৎলশিনে লাইজ'সিদা লুপলুরশিনে,—মৈচাক্কো কোরবা ॥

(৮১)

হংঙূই ঐনা স্বর্গগী নন্দণ কানণ হায়রবহু কয়া রাংলিবনো ?
মহুমতদি য়েংজনিংঙিনে ঐদি থম্মোই'সে পেয়া ॥
অহুগা মকমহুদা ইরুজহুনা পোথানিংঙি ঐহাক্তি মিকুপ অমতং
খুরবা চিং-লম্বী'সিনা কয়াম রাংলিবা চৎকদবা ॥
খংহৌদবা মিকুপ্তা উরুই ঐনা চিংগী লৈরাংশিং,—শেংকাপ্তনা
মকম'সিগী ঙোরুনবা থাবলগী ঈপোম থক্তুদা চঙয়রবা মিৎয়েং'সিনা
থয়ো, থম্বাল শাংলম্বী, পামজবা কয়াস্থু পোমলম্বী।
চঙরুনা য়েংঙূই,— লৈনমস্থু কাওরকই, মকমহুদা ॥

## (৮২)

কম্না লাওখোক্লুই, রারকপা ঙমদ্রবা ঐগী থম্মোইনা পোখাখিশিবা
নিংখিরবা লৈরাংগী লৈনম'সিবু সুংশিজ্রা,—নখোইবু
ঐদি অমতংদবু হেকনিংঙি, য়েংঙোই কংকান্দা শাংলিবা থরো'সে
লৈহিস্মু থম্না য়াওরিনে, কল্লক্‌্রা, নখোইবু ॥
পাওখুম্মকই, মশক্তি উরুদে,—খোম্থাংদি শন্দোকখি লোকচপ্তুদা
মালংস্মু হুম্নকই,—ঐবু ঙাইহাকস্মু হাকচিক লাংহনখি মিকুপ্তুদা
খোম্থাংহনা পাওদম্নকই,—লৈনমসি হুনিনে ;
তাক্লবং নখোইবু শুমহৎনবা মহিকশিংহুনিনে, লৈরিবসে ॥

## (৮৩)

ঙাইহাক্তং নিংহন্নরুক্ত পাওদমক্তুদা,—ওইনচুনা কৈথোক্লুই মিকুপ্তুদা
খংহৌদনা হৌরকখিনে ইমাংমক্তদা,—নিংখিরবা অয়ুক্কী শক্তম,
চিংমাই'সিগী পাম্বী কয়াচুনা মকোক থাঙ্গৎলকখি, মালংদস্মু লক্লরি—
চিংদা তাবা চিংমীশংগী হৌগৎনরকপগী খোঞ্জেংস্মু তারি ॥
খংহৌদনা ঈশ্বরগী লাইশংদগী খিংলকপা কাংশি মখোন তাখি,
খোঞ্জেন্দুনা অহাংবা অতিয়াদা মপৈ-মপৈ পাইরক্তুনা চররি
মহৌশাগী নিংখিবস্মু অস্মুম ঙস্মুম হেনগৎলক্লি,
ঐগী চিংনবস্মু মফম খংহৌদনা হেঞ্জিনলক্লি ॥

—অহিং—

(৮৪)

অহিংগী লিক্লানি হাই মখোইনা'থক্তা পাইখৎঙ্গিবশিংহৌবু—
ইকোক শোক্ক, লোংদোন'থক তমখিবশিংহৌবু ॥
অমুকস্থু নিংখিরবা অয়ুক্তা হয়াওজবা চেক্লাশিংনি হাই মখোইনা
ইমাংদা কোইনা পাইহৌনা, খোঙ্গ্রেঙ রাংমা খোংলি'শিংহৌবু ॥
অহিংগী মতমসি লোইশিনলবনি,—সুংঙাইনা চৎলসি হাই মখোইনা
পাক্লবা, নিংথিরবা লম্বীশিং'সিদা,— মকা-লাম্না চিংলদনা
ও! অত্তবু লম্বীশিংত্তদি ঐদি অমত্তা য়োমা উখিদ্রে
পাক্লবা শংবাম্রবা লবুক-লমহাংতমা মাইকৈ শিনবা থুংলয়ে ॥

(৮৫)

কালেনগী ফুইনা হৌবা অকনবা নোং-সুংশিং অমুক হৌরক্লে,
চৎকদবা লম্বী অহ ঈশিংত্তমা থুমজিনলক্লে ॥
ঐগী থরাংচ'সিস্থ চৎখ্রে মন্নাম্না চৎনখিবা মাইকৈহৌদা থংহৌদনা,
পুক্লিং-তুজুং অকিবা কংলবা ওসিগী মিকুপ'সিদা ॥
খোঙ্গ্রেন রাংনা অমুকস্থ কৌরুই ঐনা মখোইবু
ঙাইহাক্কংদগা ঙাইবিখোবা,—ঐস্থ নতুংদি ইঙ্গহৌরগে,
অত্তবু খুম্নমলনা অত্তম মচৎখি হনকাওবা য়েংঙমদে,
আওং'সিগী চান্নরবা ঐগী মরুপ মাংওইনখিবা পুম্নমক্তো ॥

লোইরবা